# নিংথৌ কাঙ্‌বোন

## ( খৃষ্টগী মমাঙগী নিংথৌশিং )

নোংথোনবমচা অঙৌ লুবাং
চৌংথামখা মাইস্নাম লৈকাই



মমল রু: ১·০০

# নিংথৌ কাঙ্‌বলোন

( খৃষ্টগী মমাঙগী নিংথৌশিং )

নোংথোনবমচা অচৌ লুবাং
চৌংথামথা মাইস্নাম লৈকাই

 মমল রু: ১'০০

পথোকপা :—
চোংথামচা ইবোতোম্বী
চীংঙা মখোং চোংথাম লৈকাই




অহানবা নম্বা
কপী—১০০০
১৯৭৬ ইং

নম্বম :— মণিপুর গীতা প্রেস, পীংজৈ বাজার, ইম্ফাল

# ৱাম্মাও য়ানবা

ইরৈবাকী ৱাখলদা নাহা ওইরিবৈদগী ইজাতিদু হুংশিনবা ইফূরপকী ওইবা সাহিত্য অমদি ইতিহাসপু খোৱায় নুপচবা অমা ওইরক্লবনু শায়র-শীংদা চনবনা হৈরম করামরুমদা খোঙবাবা ঙম্লমদে। অদুম ওইনমক ইজাতিগী ইতিহাস কয়া পারুরগা অমদি মীরৈবাকী ইতিহাস কয়াগী ৱারী তারুরগা নিঙঙমদবা ৱাখলগী ঈহৌনদি তত্তনা ঈনোৎ কাররকখি। অদুম ওইনমক চহি ২০০০ রোমগী ইতিহাসনা ইফূরূপ অসিগী মায়োক থাবতনদি পূক্লিং অসি পেঙদবগী ৱাখলগী লায়না লাকখি। অদুগা মথক্কী ইনিংথৌ কয়াগী ৱারী মতেক অসিমতুংদগা কোঙদোক্তুনা ইজা-তিগী খোগল মতেক অমশুংদা তৌজবা ঙম্লবদি হায়না লাঙ-তক্লবগী মায়থোং উবদা নাহা ওইনা পূকচেল চাউরবা মজাতিদু হুংশিবা চোংথামচা ইবোতোম্বীনা লাইরিক ওইনা পূখোকচবগী অৱাবা পূম্নমক্কী তাড লৌখিখি। অসুম্না মহাক্কী পূকচেল চাউবগী খোঙং উৎপিবসিদা ঈরাক্লরবা মীনা অৱাবা কোকপগুম অৱা-বসি পূমকোক কোকখি। খোইদোক্না ঐগী ৱাজবু কোকপিবদা নত্তনা মজাতিগী সেবা তৌকনিংবগী ৱাখলদা ইতিহাসকী শরাৎপা মেনথৎপিরকনিবা ইনাও অসিবু মতম নৈবা খিবিক্তা তেংবানবা মপুনা খোজানবিসণু। অদুগা শীক্তকপা লাইরিক মচা অসিনা ইজাতিগী খোগল তৌজগে খোক্লকপদা অহানবা খুমাবা ওইবনা অয়ান-অহুই কয়া য়াওরক্লগনি খল্লি। অদুগা অৱানবা তাকপিরক্ক না

চুমথোকচবগী অমদি অরাংপা (মেরুবগী খুদোংচাবা পীবিরকপা) থোক্লবদি থোইদোক্লা হরাউনা লৌজনবা কিগাউ শাজরি। পীক্লবা লাইব্রিক মচা অসি নম্বা য়োৎনবদা ভেংবাংবিখিবা চোংথামচা ইবোতোম্বী, লাইশ্রম লোকেন, ওইনাম ভোগেশ্বর, চোংথাম মংলেম, শাকংবমচা নরেন্দ্র, চন্দ্রমনি অমদি নোংমৈকাপ্পম মুক্তানচিংবা পুকচেল চাউরবশিংগী মতেং'লৌজখি। মথোয় পুন্নমক্না মতম নৈবা খিবিক্তা চাওথৎপা য়াইফবা ওইদুনা মজাতিগী থৌগল কংহনবিয় হায়না জেংবানবা মপুগী মকথদা পুনেমজরি

পুথোকচবা —
নোংথোম্বমচা অঙৌ লুবাং
চৈংঙামখা।

# অকোঙবগী-বারোল

নিংথৌ কাংঙবলোন মকোক্কী লোইবা কাওবা পাজরে। মৈতৈ লৈবাক্কী ওইবা হোংচক্কী মকী হৌরবা চহি ২০০০ রোমগী ইতিহাস এখোয়না উবা ফংলে। অতৈ লৈবাক্কী জাতিগীদি খৃষ্টগী মমাংগী মতমদা পাল্লম্বা নিংথৌরোল মখিং মথং মথং-মথং ইহুনা ফোঙনরকপা অতুনা পৃথিবীগী স্কুলশিংগী পাঠ্য ওই-নদুনা মজাতিগী ইতিহাসপুশক তারি। থোইদোক্না মৈতৈ জাতিগীদি লাইবক থীবা হায়গদ্রা চহি ২০০০ রোমতগী ওইবা ইতিহাস উৎপদা লেপ্পা ওইনা উরি। অতবু ইন্দক ইয়াম্না নোংথোম্বমচা অডোনা খৃঃ গী মমাংগী ওইবা চা.হ চা কয়াগী মমাংদা মৈতৈগী নিংথৌ কয়া য়াম্না পান্থবগে হায়বসি মচেক শেংনা পুথোক্লকপা উবদা থোইদোক্না চাংথোকচানিংঙাই ওইবনি হায়না লৌজে। অস্নম্বা চাহ চা কয়ামক্তু খৃঃগ মমাংগী বারীশিংনা ঈরোয়ম্দা লুপ্পুনা জাতিসগী ওইবা লোক্কী ব বী ওইনা লৈরক খুল্লক্পা তাদুনা লৈবসি উবদা থোইদোক্না অরাবা ওইরম্বা অদু ইয়াম্না অসিনা মজাতিগী ওইনা থরদ, খাজন হুমাজন্দুনা পুথোরক-পসি উবদা জাত অসিগী ফকক খুমলখত্র হাইদোকচবা যারে খল্লুবদগী যুংঙাইজবা ফোঙদোক্রি। অ-নোবা রাইটর অসিগী পুক্রিং থোগংলা ওইনা অদি মতুংদগী মজাতিগী সাহিত্যগী পুকৈদা খোঙ-দারকপদা মৈতৈ ইপা, চা, ঈচিল-ইনাওশিংগী য়াইফ পাঙ্থোকলগা লোয়ননা তেংবাংনবা মপুগী-থৌজাল লাক্লগনি খল্লে।

—অকোঙবা

# ১। নিংথৌ কাঙবা

ভয়া হে লিক্লাইও ইপুংথৌ নোংথৌরেল পুমাপা-ও নহাকপু ইথূং ১০ মানা থুংমা ইজরক্লে। তাখিবিগুনো হৌজিক্কি হয়িচক্কী নিংথৌ কাঙবগী রারোলবু হায়রক্লে। লাইগা মীগা তাইনবদা পানবা নিংথৌনে। কুমশিং লখা তবানিপাল শুবদা নিংথৌ ওইএ। শিনবি লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চহুনা পোকপা তাংজা লিলা পাথংবনা যেনবা নিংথৌনে। কৌব্রুগী স্রুকং লৈথুনহুংদা পোকএ। *লৈমদি চেংলৈ চহু ললৈলমনা যেনবী নোংপোক নারংস্নচানা সনা লাই হুইথবীনে। কোলোয় মমিংথোংদি লৈমা তারিংহু মিংহুম্না নিংথৌ কাঙথল ওইনা পাল্লমএ। নিংথৌ লৈমা অনিমানা পাল্লম্বা মকমদি কাংডামুংদাদে। নিংথৌ কাঙবনা পাল্লমএ হাযবগী কাংডাপুং-ও তৌনা কৌএ। হকথক অসিদা চাকতি চাতুমনে। পানবা মকমদি রাকোংথি চাকশৌপুং কৌএ। লৈপাক মীয়াম পুম্না হুপ্না চারবগী কাংচাপী-ও তৌনা কৌএ হায়দবরা॥ থুমদি থুম্নবীদা

---

* লৈমা তারিংহু, নোংমাইজিং মখোঙদা তাবা চেংলৈ সনাইদা পোকপীনি। নিংথৌগী রাণী ওইরবা মতমদা কাংথল হায়না খঙনবগী রাকমনি।

থোকএ। ঙাদি [১]ঙায়ানদা পালএ। শাদি [২]শাযানতা য ল্লমএ। ফিদি [৩]চীংবাথিনা পাল্লমএ। যুদি থোং ওটনা চেল্লমএ। [৪]য়ুমশৌথোং কৌনৈএ।

কোরৌ হুমিংমাদা নিংথৌনা চাকহোঙ ঙাহোঙহন্নবা লৈবাকপু যোক্লমএ। নিংথৌনা লৈবাক মীযাম্বু পুক্লং চুম্না যাথং লেপ্পবগীদমক লাইনিংথৌ সনা মহিবু নুংগী লাইশক মওং শেম্না শাহল্লবগা চীংদোলদা লাইয়িম শাহনা লাংফিএ। লৈবাক্কী অচুম অরান থোক্লবদা লাইনিংথৌগী মমাঙ শংশংবদা ফিরাল ঘুংহল্লবগা থুংথিল চাংদম যেংনৈএ। ফিবালনা যুংবগা থমকোল মালং অয়াঙবনা কন্না শিংলকলে। ফিরান্না তুদরিবমখৈ শিংলে। তুবা ফিরালনা অরানবনে চুমদবনে খঙনরমএ। অচগীদমকপু লমলেন রারোইচীংও তৌনা কৌনৈএ। লৈবাক মীযান্না ফিঙনবম্বা লাইদি সনামহী কৌবা লাম থোইখোইববু নিঙনরমএ। মংক খঙবা মশা খঙবা আরপ্পবু ঙাঙনা চংনরমএ। হকথক অসিদা নিংথোগী কোলোয় মমিং লৌনা চাদা নাউদাবা থৈবিকপু কাঙচম, কাঙঙ্গুচম, কাঙঙাসেনপম হায়না খঙনরমএ।

লাইয়িংথৌ কাঙবগী মচা মাপল পোক্লমএ। কোইকোই, তৈমা, য়াংমা, তেসরোং, উরেন থুবা, উরেনহনবা, ইরেম, খাবী, লংবা অসিনে। কোইকোইনা লৈবাক অসিদা লৈহৌএ। তৈমানা

---

১। ঙগী উনাহু চাবদা ঙা মনম নম্বা উ মথল অমা ২। শা মনম নম্বা উ ৩। চীংদা হৌবা মকু পানা থোকপা য়াবা উ ৪। মাকলং তুরেলবুনি হায়না অহল=লম্মনা হায়নৈ।

মৈতৈ ওইএ। য়াংমানা নোংচুপলম পাংখিছনা ময়াং শনথোকখিএ। তেশয়োংনা সনথোং লাইচিরম পাংখিছনা তথেল ওইএ। উরেন-খূবনা কৌক্রুলম পাংনা চংখিছনা মোইরাং শনথোকখিএ। ইরেমনা অয়াংলম পাংখিছনা পাশা ওইখিএ। খাবৌনা নোংপোকলম পাং-খিছনা খাকৌ ওইখিএ। লংবনা খা পাংবলমদা চংখিছনা ইরাঙকা শনথোকখিএ।

কোইকোই কৌবদি কদৌনোংশীনো হায়রবদি নিংথৌ কাঙবগা লৈমগা অনিমানা কোবৌ নোংচা অমা লম কোয়বা থোকলকএ। চাকশৌ পূংসুং যেংলমএ। নিংথৌগী লৈমদি লম্মখাঙদা পঙবা নারা পিবুকযানবু লোইদাম থাবুম নিপাল শুরববু লোইদাম মথং-মথং লাম্থিরে। লোইদাম থাবুম তরা হায়রবগা লম্মখাঙদা মপারী নারা পঙববু তাইবং [১]য়িফাওনরকখিএ। মক্কম অসিবু [২]কাঙবা চাদাকম [৩]লৈমা নাউদাকমনে হাযববু হযেং পোক্টবৈ চাদোননা রাংঙম শূদোন তাবশিংনা খঙনবা কাঙপোকপী-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ শেনবা মনাইশিংনা নিংথৌগী মচাবু তুলাইদা রানা পুরকএ। নিংথৌসুং কোয়না শেন্না পুবকএ হাযবগা [৪]কঙকোয় পোকপাও হায়না মিংথোনখিএ।

হকথক অসিদা তিনথুং-লাইথুং লৈবমদে কুমশিং চাহৈ শুরবগা তাইবং অশিবশিংবু মংনাই থাইনরমদে। পোৎলোই হিথা তৌনরমদে। উচেক নিংথৌ লাইওইবা অমা লৈরমএ।

১। পোক্লকএ ২। কাঙবগী মচা পোকপা লম ৩। লৈমা রাণীগী মচা পোকফম ৪। কাঙপোকপী (উইমেন্স হোসপিটাল মমাঙ)।

উচেক্কী মশিংথোংসুং অহুম থোকএ । কাকলেন মীওইশাসুং কৌএ। অমদি থিংপাই ওইবা অমদি থিকমুংথাক-ও কৌএ । উচেক মহাকপি উচেক পুমনামাগী নিংথৌ ওইবনে । তাইবং মাগী অশিবা মশাবু উচেক অসিনা পুখৎবগা হৈপোকতা লৈবা তুরেলদা থাথববু লাইরমলেনদা তিনবনে খঙনৈএ । উচেক মহাকপি নিংথৌ কাণ্ডবগী মনাইনে । তাইবং অশিবা মশা থৈবিকপু পুণ্ডমএ হায়বগী কাকয়েন মীওইব-ও তৌনা কৌএ । নমু অশিবা তাইবং অশোয়বা পুম্ববু মংনাই থানাইহল্লমদে হায়বগী থিংপাইওইব-ও তৌনা কৌএ । থিকমুংথাক-ও কৌবদি হৈপোক লমদা চেনবা তুরেনবু থিকমুংথোংও কৌএ । অশিবা মীবু থিকমুংথোংদা পুইএ হায়বগী থিকমুংথাকও তৌনা কৌএ ।

নিংথৌ হকথক অসিদা চংলগা লমচত্তি অরানববু চুমহন্দুনা লৈবাকপু য়াইফনা যোকলমএ । লৈবাক মশিংথোংদি তিলশি-কোকতোং লয়কোযলেল হান্না শেগা কোন্না লোইবা পুং-ও তৌনা কৌএ । নিংথৌনা চাহৈ কুমশিং মুংশাংনা পাল্লবগা হমু কুকক চল্লরবদা লাইযিংথৌ সনামহিবু লংমাইচৌংগী শুরুং লৈথুন মুংদা থমখিবে । মানা পাল্লগা কুমশিংদি লখা তরানিপাল ওইবদা পাল্লমএ । পুনশি চাহৈ কুমশিং চামবিহমফু পাল্লরগা পাথংবা ঈরেন্দা লুপখিএ ।

মথং মচা ইবুংঙো কংকোইনা মরিয়া কগালচা বিংথোননা মপা নিংথৌগী মহুৎ শিনএ ।

---

## ২। মোরিয়া ফম্বালচানা পানবা

কংকোই মোরিয়া কম্বালচানা লৈতা পুরুমলেন কৌনা লৈবাক অসিদা পাল্লম্ববু মোরিয়া ফম্বালচা-ও কৌবদি কদোনোংশীনো। মপল নিংথৌ কাঙবশী নিংথৌ কম্বালবু কংনা পানৈজেএ হায়বশী মরি ফম্বালচা-ও তৌনা কৌনৈএ। লৈতা পুরুমলেন-ও কৌবদি কদোঃ নোংশীনো। মপা নিংথৌ কাঙবশী কম্বাল তোংলে লৈতা পুরুমলেন-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ অসিদো লৈমা লাইগ্রানা যেনবি চকপ্রম অহুইবশী মচা লৈওই নুংওইবীগা পাম্নহুনা কম্বাল তোংএ। হকথক অসিদম্নুং চাকহোঙ ভাহোঙনা পাল্লমএ। চাকম্নুং চাহুমনে ফিদি চীংবাথিগী লোনলৈনে। তাপুল ওইনা লেমএ। তীনচং লাইচংনা তিনফম লাইকম খিনা লৈবাক যোক্লা হবাও মথোই তোংনা য়াইক-তয়া লাইনিঙ খুতা নিপাল খিনা সবী লাইমিং শোননা য়ারেপ্তুনা হয়ি মিংথৈ শোননা পাল্লমএ। নিংথৌ হকথক অসিদো চক্প যুমদাইএ। যুমদাবা য়িমনাক্তি কোইকোইবম; কৈরাম্বম, কোইরেকপম অসিনে। নিংথৌনা লাংবল থানিলদা মচা ১ পোকওমএ। কোলোয় মমিংথোংবু পোং কৌএ। মচা পোংনা চাহৈ ১৫ শুরবদা হাওরৈ নোংপোকলা লমদা চৎথিহুনা পাল্লমএ পোং লৈঙ বাক-ও তৌনা কৌএ। মনাও অমম্নুং লোইদাম থাপুম চশী হিযাংকৈ হুমনি পানবা ইরাইদা থাবুম শুদনা পোকএ হায়বশী মপা নিংথৌনা মপারীগী মমিংথোংবু ককশু তোনকোনপা-ও কৌএ। নিংথৌনা মপারী অনি পোল্লম্নবগা কুমশিং চাহৈ ৩০০ পাল্লম্নবগা কোয়ৌ নোঙাথিরে।

---

## ৬। নিংথৌ ককশুবা

তিল্লিকোকতোং লমকোয়লেন অসিদা নিংথৌ কম্বালচান নোঙ্গারবদা মচা ইবুংঙো ককশুবনা চাহি ২৬ শুবদা নিংথৌ ওইএ। নিংথৌ ককশুবনা চেংলৈবা নোংদমতোনগী মচা পলেম মমা তবং খোইহুশূনা য়েনবী লৈমা উকম খোচোনবী পামহৃনা কম্বাল তোংএ। নিংথৌ হকথক অসিদা হান্না শেম্বা কোম-লোইবা পুংবু কোয়না চৈংনা লময়েংএ। চাহি চারোং থানা চান-পল্ল য়েনলম মশীং থানবা নিংথৌ নাইশিংনা নিংথৌগী লোকম শেমএ। ককমুথাই লোফম-লেন ও তোনা কোএ।

কোন্নৌ নোংচা অমদি নিংথৌ ককশুবনা লাঙ্গোল লাইফম লৈববু কৌবা মমিংলেন্না কাঙবা নুংশন তানবা লমখৈ-ও মিংথোল-লমএ। লাইনিঙ লীচৎ লাইশোন মিংখৈদি সরিস কৌবা সনামহিবু নিঙজৈএ। নোংথৌনে, মুংশিংনে, মৈনে, ঈশিংনে, লৈবাকনে মঙ-মাগী হৌকম মুমিং; শজিক, থবা, থম্লানপিচাক পুমনামাগী ম্লাম ঙাঙনহনা চীংখৈ অথুপ্পগী ম্লামবু ঙাঙনৈএ। লৈবাক হুপ্পা চাক-হোঙ ঙাহোঙনা লৈরমএ। মচা ইবুংঙো অনি নাউদাএ মচা ইবুংঙো তোনকোনবদি লোইদাম কলেনগী ১৭ নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা পোকএ। নিংথৌনা মচা ইবুংঙো অসিবু নাউদাবা কুমদা প্যাংলো অমা ম্লানা তৌএ। মফমদি লাইরেম্মা পাম্মোইবীগী পাং লোনে। অহনোংগীবু ককরা-ও তোনা মিংথোংখিএ। নিংথৌ ককশু তোনকোনবনা লাইরেম্মা পানথোইবীদা কৎলমএ।

নিংথৌ হকথক অসিদা তাইবং য়ুমদাবা য়িন্নাক্তি ককয়ানথেম, কোঙবম, কোনলোম, অসিমখৈ থোকখিএ। অস্তুম লৈবাক চাক হেৎঙ ঙাহোঙনা কুমশিং চাহি ৩২০ পাল্লমবগী কৌক্রলম য়াওরো শাতানলোং থেউ কাংদা নোঙ্গাখিএ হায়দবরা ?

# ৪। নিংথৌ তোনকোনবা

নিংথৌ ককশুবগী মচা ইবুংঙ্ তোনকোনবনা মপা নিংথৌনা অমন শিকুমখিরবগা চকপা থেরেলোংবা কোয়ো খমলাংকাবনা যেনবা মমা লৈমা তাহুনা য়েনবি ভয়ঙহুবী পামহুনা লোইদাম লমতাগী ১৫ নি পানবা নিংথৌকাবদা কম্বাল কাযএ। নিংথৌ হকথক অসিদদি মংনাই থানাইবে। লৈবাক্কী মমিংথোংসুং মীবা পোংথোকলম লমথক শায়োনপূং-ও তৌনা কৌরে। চানবা থক্রবা যেনলম মশীং থিবদা লাইনা থাবা মোরশি থাংয়ি কৌবু ফংএ। লৈবাক মীয়াম হয়াওনৈএ। থাংযি কৌবম অসিবু ফংবা মকমদি অকামপাং-ও থোয়েএ। অকামপাং-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। থাংযি মাবু ফংনবা তাইবং মীয়াম্না মুময়বদা লাইনিংথৌ পাখংবনা কোম ইফুংস্নুংদগী কামনা কামনা থোক্রকএ মীয়াম কায়হুনা চেম্নরে। অহনোংগীবু লমলেন অকামপাং-ও তৌনা কৌএ। লাইযিংথৌনা লৈপূং অমদা মোন খাঙহনা তুম্লমএ। মোনখাঙ লম-ও তৌনা কৌএ। হাওয়ৈ থানা পাংবলমদা মবু পাখংবনা পংনা পুম্না মাঙলে হায়বগী লাইপং-ও তৌনা কৌএ।

।

নিংথৌ তোনকোনবনা অহুম পুক্রিং হল্লাও থোষ্টনা পাল্লবগা লৈনা তবভন্নবীগী শিযোমন্নুংদগী মেবা থাগী ৭নি পানবা শগোলশেন হু'মত্তা থাবী লৈনাউতাবিবু মখোম পিথাঙ শিন্না তাইবং থোঙদাবে। কু।শিং অহুম লোম্লবগা লোইদাম মেরা থাগী ছুল্লি পানবা য়ুমশকৈশ হু'মিংত্তা মপারী নৌচন্নববু পিতিংকোইও মিংখোন্না চাদাএ। হকথক ঙসিদা তো'ত্রম, তোংখাম য়ুমদাইএ। কুমশিং চাহি ২.০ পাল্লম-শবগা কোরৌ খোঙ্গা তানখিএ॥

## ৫। পিতিংকোইনা পানবা

নিংথৌ তোনাকানবনা অমন শিকুম্লবদা মচা ইবুংঙু পিতিং-কোইনা হুইরোইবম অয়াঙবনা য়েনবা মমা লৈনুং হুমওইবীনা যেনবী অতেন্নবী পাম্নহনা কম্নাল ভোংএ। নিংথৌ পিতিংকোইদি পঙবা *নারা মথুঙৈগী থোইযম লাইকম-থি চৌংঙু লাইশক থঙনবা কোযনা থিঙমএ। কোরৌ নোংচা অমদি চৌংঙু নোংপোক নিং-থৌগী খুকম য়ৌনা খুকয়্নমএ। চৌংঙু নোংপোকা শকউনরে। থোইয়ম লাইকম মশীং শুনা তাকপিথিএ হায়দবয়া। সুরুং লৈথুন-মুংদা পুঙ্গনা থোইযম লাইয়িম শারিবসুং উহনথিএ। লৈথুনমুংদা লৈবা থোইয়ম মশক ওইরিবা চৌংঙু সনামহিবু উরবগা নোংপোক্কা হংজৈএ। থোইয়ম নোংপোক অরিবনা হে নিংথৌ-ও। নপুথৌ নিংথৌ কাঙবনা লাংলম্বা লাইনে। নোংপোক অরিবা অঙৌবা পুরৈরোম্বা সনামহি কৌবদি অসিনে। সম্নী হায়বা ভাইবং শেম্বদি

* নারা মথুঙৈ = পিক্ত=পিল্লিবা অঙাং ওইরিবৈ।

মহাক্নে, মৈগী লীকং মুংশিংকী তেনবী পান্নবা চীংঙ্ ঐগী ইশকনে ঐশুং মহাক্নে মহাকশুং ঐহাকনে। চক চক্নী ওইবা মমিং থোংবনে। তাইবংনা লাংকদবা মশকনে। তাইবং লানবিবা মহাক্তি হয়েং মতমদা মাঙথিরগদনে হায়না নপুথৌনা লৈথুনসিদা থল্লম্বনে। মতম ওইরবগা অমরক লৌরথিগদনে পান্নী পুন্নী হলচিল্লথিগদনে। লাই মশক মহাকপু পুকম থাজভলবগা মন্নী কৌবা লাই মহাকপু শংশং কংলগদনে তাক্লমলে। অস্থুম্না নিংথৌনা পুকম থাজভলমলে। নিংথৌ অসিদো কুমশিং চাহি ২৫০ পাল্লমএ। অস্থুম লাইনিঙ লীচৎ তৌনা লৈবাক মরাং কাযনা উনবি পূক্লিং তপ্পা পাল্লবগা লোইদাম লমতা থাগী ২৭ নি পানবা ইরাইনোংদা অমন শিকুম থৌকাহ্লনা কোরৌ থোঙ্গা তানখিরে হায়দবরা।

## ৬। লানবিচানা পানবা

নিংথৌ পিভিংকোই থোইযম লাইনিঙশিংবনা অমন থোঙ্গা তানগ্রবগা মচা ইবুংঙ্ লানবিচানা নিংথৌ ওইএ। নিংথৌ হকথক অসিদা পোইরৈ লৈবাক অসিগী মমিংথোংবু মুরাপালি লৈমযোন-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ অসিদো মুরানিংথৌ লানবিচা-ও কৌনা পাল্লমএ। নিংথৌ অসিদো তালোয মকম *য়েংলৈতে। অরাং কৌবা চীংপুনসিবু কোয়না চৎনা থোইয়ম লাইকম খুদিং কোযনা থিথিএ। মুরাপালি অতোনবা লানবিচা লাঙ্গোন কৌবনা কোয়বা চীংনে হাযবগী লাঙ্গোন চীং-ও তৌনা কৌথিএ। নিংথৌনা

* য়েংলৈতে = মুপী থিগে থদ্দে।

লাংকোন চৌংশা নাপোম নিঙথিবদা নিংথৌ শঙ্গায শেমহন্দুনা নিংথৌ থুফম লেপখিডমএ। অমম লৈশাবোক অডান লৈশা থোকপবু খিনা লৈবাক হুপ্পা যোক্লমএ। হকথক অসিবক্তা মঙাং লাইনিংশিং অহনবলা নমু তাইবং শকথোং লৌনা লাংচৌং চৌংদোল থক্তা লাইনিঙ পবয চেৎলমএ। মঙাং লাইনিঙশিংগী কোলোয মযাথংগী লাংকোন্দা চৌংঙ্, লাইকম ১০৮ থিহুনা শচিঙ্কোয শাদা পূব্রিং হুংঙাই থোইনা পাল্লমএ। নিংথৌ অসিদো নোংথোংবম লৈমা অমুকাং সনানা যেনবী লৈমা তনৌগা লমতাগী ২০ নি পানবদা ফম্বাল তোংএ। কালেনগী হুম্রি পানবা থাংজা হুমিত্তা মপানী নাউদাইএ। কোলোয় মমিংথোংবু শোপাইব-ও কৌএ। নিংথৌ অসি হকথক্তা হযিচক্কী কুমশিং মতোল লোমখিএ নিংথৌ হকথক অসিদা লাম্থম, লাংকোনচম লানলেমপম, লানকম, লাইশ্রম যিমনাকশিং থোকখিএ। নিংথৌ অসিদো কুমশিং চাহৈ ১২০ পাল্লমএ। লোইদাম কালেন থাগী ১০ নি পানবা ইরাই হুমিৎতা অমন শিকুম চঙনা কোরৌ নোঙ্গাখিরে।

---

# ৭। নিংথৌ শোপাইবনা পানবা

নিংথৌ লানবিচানা কোরৌ খোঙ্গা তানগ্রবদা মচা ইবুংঙো শোপাইবনা মপাগী ফম্বাল ফংএ। নিংথৌনা লৈবাক অসিদা পানবা মতমদা হযাচক্কী চক অহৌবা ওইএ। চক মহাক্তি কুমশিং চাহৈ ৮৩৫০০০ ওইগদনে। নিংথৌনা কোম্মুং মফম শেমগে হাযবগী মতাইশিং যাওনা কোন্নুং মকম ৱাংনা থোম্লে। লোইবি চীংগুম ওইরবা হাযবগী ৱাংচীং-ও তৌনা কৌএ। লম তিংনা শেমলে লমতিং ও তৌনা কৌএ। অসুম থুনশেম লৈশেমগনা শাপম সোলাই থুদাখিএ। শানৌচম য়ুমদাইএ, শাতোকপমস্ত য়ুমদাযে। সগায়, শনাং থম সনাবাম য়িমদায়ে। নম্মু মীযামদা হায-লোক্কুনা নিংথৌনা হাউরৈ নোংপোক লম পাংবদা তুরেল তৌযে। তুরেলগী কেগোয় মমিংথোংবু *নারিনরা=ও তৌনা কৌএ। অসূন্না কমলেন ৱাংজিং লম্মহন্দা কোনলোয শঙ্গায শাক্লুনা লৈরবগা হকচ ৱানলেম যাইকুবনা যেনবা পলেম মমা তনৌভাংবীনা য়েনবি নোংথাইজুবী পান্নত্তনা ফম্বাল তোংলে। কুমজা কযা লোইদাম বযা অসুম পান্নবদা নিংথৌনা মপাবী নাউদাদরববু মবুধৌ সনামহিবু উনবিক্লুংদা পুকম থাজভত্তনা মপারী পিও নিক্তৈএ। ফম্বালদা কুমক্সা ১২ শুববগা কোৱৌ নোংজা অমদা খোমলেন মঙলানগী মঙভাক্সা লংমাইজিং লমদা চংলবগা চীংঙো, নোংপোক নিংথৌ শিদবগী লাইফমক্লুংদা চঙখরে। খোইয়ম মথৌজানবু ফংলবগা

---

* ৱাংজিং তুরেল

চীংঙু কোককমমুংগী পেরে থিনকায়বা লাইজ ঈশিং পুরক্লবগা মতাংলোইদা পিথক্লে। কোরৌ অহুনোংদগী নৈমা পিবুকমুংদা নাউয়ান ইছন ভমখিরে। কুমজা খাবুং শুরবগা তাইবং ঈফাওনববু কোলোয় মমিংথোংদি পুথিবা অমুম মিংচুললে। নিংথৌনা মপান্নী নাউদা-কং উনবি চনিং তানা কুমশিং চাহৈ ২০০ পাল্লমএ। লোইদাম ব্লাকচিং খাগী ২০ নি পানবা ইরাইগী কোরৌদা পুনশি চাহৈ লোয়্রবগী কোবৌ খোঙ্গা তানখিএ।

---

# ৮। নিংথৌ পুথিবা

নিংথৌ শোপাইবনা কোরৌ খোঙ্গা তানগ্রবদা মচা ইবুংঙু পুথিবনা নিংথৌ ওইএ। নিংথৌ অসিদো পঙবা নারা মথুংডৈদগী লৌ-ইংথোল কোইববু উনবি হকনা চকএ মাযকৈ থুদিং চৎলবগা চাহৈ চাবোং চুম্না পানবা য়াগদবা মফম থিরকখিএ মফম অহুদা নৈদুনা অহোঙ অচাউ থোক্লা পাল্লমএ অহুনোংগীবু অহোংপুঙ-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ পুথিবনা লাংকম চমু অতাউ হৈরোংবনা য়েনবা মমা লাইতোংহনবীনা পোকপি খারোনি নৈমা পায়চুনা ফম্বাল তোংএ। নিংথৌগী মযোম অনি ফুইএ। মযোম অহনবীগী কোলোয মমিংথোংদি শৌবোন নৈম-ও ভৌনা কৌএ। লাংলেন অতোনবীগী কোলোয় মমিংথোংনা সনা খোংনাং নৈমা-ও কৌএ। নিংথৌনা মযোম অনিমাবু খানলৈ লোয়ানহল্লমএ। পহো মপা পুথিবনা চেংলৈ

রাইমুতা অমুবা শলাই ঙাঙবা অরাংবনে খুনকম অসিদা চেংলৈ পোংপু পান্দুনা রাইমু মচিল মানবা লাংকোননা মালেম লৈমায় ওল্লকলে। অম্মুয়া থাংগ্নি লৌউতম ফৌবাল চায়োং লৌনা মুংঙাই য়াইবি ময়াং কায়না পাল্লমএ। থাংগ্নি অচবু কোয়ৌ নোংশা ঠৈদা ফৌএ হায়বগী ফৌ হায়না কোলোয় মিংথোয়েএ। অম্মুয়া নিংথৌনা কোয়ৌ শেনচংনা রাংবল পাইচংননা খুবাই অহোংপুঙগী লমদমদা অহোঙ অচাও থোক্না পাল্লমএ হায়বগী অহোঙকৈ-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌনা হনবা মরেং চল্লক্লবদা মপাল্লী অমা সনা লিক্লাই য়েম্বরকএ। কোলোয় মমিংথোনবু লময়ায় ছানবা-ও তৌনা মিংথোনখিএ। বুমশীং চাহৈ ১০০ পাল্লৱবগা চীংঙু লাইঙইগে থোইয়ূম লাইতিনগে হায়বগী কোয়ৌদা চঙনা নোঙ্গাখিএ হাযদবরা।

লাইগী লীক অসিদো মৈতিংঙু থুইয়োই তোমপোকগী সনা হাক্তক্তা কালেনগী ৩ নি পানবা শগোলসেন হুমিত্তা থোঙাক কুরুপ্পা কৌবা মায়চৌনা ইরম্বনে। হয়ি-ও হয়া হে, হে হয়ুম হয়ুম হয়ুধ।



# লয়খালোন নোংলোন

১। থাংজাৌং কোৌবদি চৌংমিংনে—লাইমিংদি থকলেনচৌ কোৌবনে।

২। কোৌক্র কোৌবদি চৌংমিংনে—লাইমিংদি কোৌরেংঙেং কোৌবনে।

৩। মারজাৌং কোৌবদি চৌংমিংনে—লাইমিংদি মরামচাৌংহু-কুপ কোৌবনি।

৪। বাংব্রেন্ কোৌবদি চৌংমিংনে—লাইমিংদি বাংহুকুপ কোৌবনি লয়খালোন নোংলোন্ কোৌবা লাইরিক্তা ইবনি।

লোইরবা

লাইরিক ফংফম:—

(১) ঈবা মশামগী

(২) ফ্রেণ্ডস এণ্ড কোঃ শীংজমৈ